# শংনিংবী






রাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎ সিংহ

# শাংনিংবী

রাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎ সিংহনা
লেংবা।

১ বা ফোঙ্‌বা
১৯৪৭ ইং

সত্তু পুস্তমক লাইরিকলেংবগীনি

মমল ১।০ তনি

অফোঙ্বা ঃ—শ্রীমৈনম মণি সিংহ।
মৈনম লৈকাই—থাই নাগমপাল,
ইম্ফাল।

লাইরিক ফংফম ঃ—

১। থাংমৈবন্দ-নাগমপাল ক্লব্,
থাংমৈবন্দ্ লম্বী—খোয়াথোং বাজার,
ইম্ফাল।

২। মণিপুর ট্রেডিং সোসাইটি,
শিংজমৈ পুরাতন বাজার,
ইম্ফাল।

৩। ইম্ফাল স্কুল ষ্টোর,
সদর বাজার, ইম্ফাল।

৪। ভাগ্যবতী পত্রিকা এজেণ্ট
শ্রীদুর্লোভসিংহ,
সদর বাজার, ইম্ফাল।

৫। মণিপুর বুক-ডিপো,
কৈশাম পাৎ, ইম্ফাল।




চূড়াচান্দ প্রিন্টিং ৱার্কস, ইম্ফালদা নম্বা

# কৎচবা

ফুইগী জাত্তা পোকই হায়দুনা
অরেম-অপা পীজদুনা য়োকখিবা
শাওনিংবা মিকুপ্তা চৈখিবা

* * * *

বারৌগন্নুকো ৺বৎচ ।

নহাক্কী মিৎয়েং খুদিংদা
ইমাগী মিৎফম ওমজবা,
নহাক্কী নমৈ নিকপনা
প্রেয়াগী জগোই ওমজবা—
করমনা কাউর্শিগে নংবু ।

ওইরম্বদাই নংনা ঐগী চান্নরোই,
ঐনা চৎপা খুদিংদা
মিঙ্গমনা তুংইনলম্বদাই,
অহিং খুদিং ফুরানবা ঙাক্কুনা
ঐগী পুক্কে শংবদাই !

অশেংবা প্রেমগী সাক্ষী ওইনা
ঐগী 'শাং'নবা' লাইরিকসিনা
চহি তবাগী মতুংদা
নহাক্কী লমন্ মচেৎ খরা
শিংলগেকো ওসি ।

লমন্ তোল্লিবাঃ—

ধনমঞ্জুরী কলেজ, ইম্ফাল ।
১০ নি পানবা লমদা, ১১৫৮

রাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎ

# লেখকী মরমদা খরদং

ঐহাক শ্রীযুৎ রাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎ অসিবু মহাকনা য়ামনা পীকলিঙৈদগী খংই। রাজকুমার অসি কীট্স্ (keats), বাইরোন্ ( Byron )গুম য়ামনা অঙাং ওইরিঙৈদগী কবি ওইনা পোকলক্লবা অমনি। মহাকনা ঙাংবা রা অমসুং ময়াম তিনবদা ঙাংথোকলকপা মরাহে পূন্নমক কবিতা য়াওদবা লৈতে, তোপ তোপ্পা গুণ অমদি—নেচর ( Nature )গা রা ঙাংনৈ অমসুং নেচরগী ফজবনা মফম থংদনা পুখি, লম্চাংদা লেকই, চীং-মান্দা ক্ষান মাংদুনা পুহুনা চৎখিবা কয়া য়াওখি। মরম পূন্নমক অসিনা মহাকপু মীন ঙাংই হায়নৈ। অওইবনক নেচর গী ঙাওরবা কবি অনা ওইরগদবনি হায়বা অসি রাজকুমার অসিগী মতুংগী জীবন্না তাকলরগনি।

শ্রীইন্দ্রমণি সিংহ শগোনসেম

তাং ১।২।৪৭ ইং

# অফোঙ্‌বগী বা।

রাজকুমার শ্রীসুরেন্দ্রজিৎ সিংহগী অঙাং ওইরিঙৈদগী শৈরেং মচা মচা ইবা পাম্বা অমসুং চঙ্‌খোনবা অসি উৎসাহ তৌজনীংদুনা, রাজকুমারগী অহানবা শৈরেংলাইরিক—'শাৎনিংবী' অসি ফোঙ্‌বগী ভার লৌই। লাইরিক অসি ইরৈবাকমচাশিংনা সাহিত্যগী মচাক অমনি হায়না মিৎয়েং তাবিরবদি লাইরিকলেংবগীসু উৎসাহ হেনগৎকনি, মতুংগী মথক্তা মৈতৈসাহিত্যগী অনৌ অনৌবা মচাক শেমগৎপদা য়ামনা মতেং ওইগনি নীংজৈ। ইতি—

শ্রীমণি সিংহ মৈনম

২ মার্চ্চ, ১৯৪৭ ইং।

# শৈহৌ

ৱাথল-থোঙ্গাল ৱাংমদা পংতি লান্না চৎলুরে
নোংঙান-পাউজেল লাকপদা 'ঈকাই' 'নুংশি' 'তন্থব'
চেকলা শঙ্গু অহুমনা।
তুরেল ওইনা চেল্লুরে, চেকলা ওইনা পাইরুরে ;
চাংদম্মুরে মপুমগা, মপুংফাবা পাঙ্গলগা
মচেৎ ঐনা ঈকাইনা।
ঈকাইবগী প্রলয়না জগৎপূম্বা লৈখরে
রবীন্দ্র গান্ধী নিউটন অথোইবা মী কয়াগী
মগুণ অদু খনবদা।
বটচক্র থুগাঈদুনা মপুং ফাগে তৌরিঙৈ'
'নুংশি' চেকলাগী শুরনা পুরে লম্ফেল পাংয়াঈদ'।

* * *

চৌং-মান, উ-ৱা, পাং-থোঙ, লৈ-শূ পূন্নমকনা কেঈহুন
ঐবু কৌবা হৌরকলে—তাইবং-পুক্লিং লুপ্পুরে
কোম্বীরৈ-কুঞ্জ ময়াইদ' ;
থাপ্পুনদা লৈরম্বী কবিতা প্রিয়া উনরে,
শীংগুমনোংজা অসিদা ' সুরেন্দ্র ঙাওরে ' হায়বগী
তমথীবা অধ্যায় হৌখরে।
পুন্সিগী মতাং অসিদা তাইবং-হিসাব মাংলুরে
নহারূপ খোংহাম্পাৎ চৌং-মান কন্না কয়াদা।

* * *

লম্বী লম্বী খুদিংদা নুং-চ্যোক, উনা-শীংনা
হৈপাল-লৈপাল, তুমিৎ-কাং, শা-ষণ খিবিক্লা
নুংশি-ঈরা খিকলুরে।

মৈতৈ-কবিতাকুঞ্জগী মালী লৈচদবা মতাগুম
পাম্বী অনি'হুমদনা কুঞ্জগী লৈতেং ওইরিবা
মিরবা দৃশ্য উবদা
মহোশাদেবীগী লৈকোন্দগী খূঞ্জবা মরূ থরদং
হুঞ্জখি মতম'সিদা মৈতৈ-সাহিত্যলৈকোন্দা
অপোম্বা রাথননা শুংশূ ওইদ্রং।

প্রেয়াগী শমলাং হাইদোক্কে তৌরিঙৈ'
'তন্থবা' চেকলাগী খোন্থাংনা য়েবদা
নোকখোকহল্লে তাইবংদা।
চংলুরে তাইবং-পুন্সি নোকখোক্লুনা
ত্রিপুরা নবদ্বীপ মথুরা বৃন্দাবন
তীর্থ কয়া কয়াদা।
য়াদ্রে তাইবং লান্থোকপা,
কবিতাগী থোরানা পুনদ্রে।

* * * *

'শাংনিংবী' কৌবী শাঙেলচা নৌনা খিনগংচরকপী
মতিকচান্দ্রবসু লৈতেং ওইবদা মৈতৈ-সাহিত্যকুঞ্জগী,
নিজরি বাণীগী খোজাল—
চরণথাদা লৌশিনবিনবা মাসিনা শাংলবা মতমদা ;
ঋতু-খেংলৈ কায়হন্দনা, মতমগী তীল চংহন্দনা
শাংহনবীয়ু ননাইগী 'শাংনিংবী'
মাংহনবিদনা তোল্লবগী হোংনজমন্ ॥

ধনমঞ্জুরী কলেজ, ইম্ফাল। } সাহিত্য-লৈকোনগী তোল্লবা মালা
১৩ নিপানবা লমদা, ১১৫৮ } লাইরিকলেংবা

# সূচীপত্র

| হিরম | লামাই |
|---|---|

# শান্নিংবী



## কোম্নীরে

উনরে ঙসিদি বসন্তগী অঙ্কুরকী
বিধাতাগী লৈশেম ফম্নান থক্লো।
পোমনাংবী কোম্নীরে
মোমোন, নাকপী নুংশিরে।
নহাক্কী লুরব থম্মোই-ঈচলদা
তিম্নরে ঐহাক্কী নুংশি-ঈচেলনা
লুপ্পাস চান্নরে
তিম্নবা ঈচেলদা॥
কীগন্নু ঐহাক্কী থম্মোইগী লৈকংল্বা
নুংশি-ঈপাক্লা লুপ্পনি অরাবা
নহাক্কী জগোইনা
ঐহাক্কী ঈশৈনা।
তিম্নবা থম্মোইদি সমদ্রুগী গর্ভনি
নুমিং-খা-অতিয় ঙসিদি য়োংকনি
তিম্নবা থম্মোইদি
লুরবা ঈশিংনি॥

হন্দকী মপোক লোইরগা লৈমাই 'থক্তা কেল্লগা
লাকউকো নুংশরৈ অনৌবা লৈহৌ পুরগা। –
অনৌবা বসন্ত অমদা
তিন্নসিকো কোম্বরৈ ॥

এপ্রিল, ১৯৪০ ইং
ইম্ফাল।

# বিশ্ব-তাইবং

মতম কৌবা কবিনা
শূন্যগী আসন্দা ফমদুনা
ঈচেলগী লামাই মথক্তা
'যুগ' না কলম ওইরগা
অউবা-উদবা মুক শেমদুনা
প্রেমগী ছন্দ পাল্লগা
বিশ্ব-তাইবং লেংলিবা
করম্বা আশা থম্লিবা ?
মতম কৌবা কাবিও !
বিশ্ব –তাইবং কাব্যগী

---

অহৌবা ময়েক করিনো
অথম্বা চৈথৈ কদাইনো ?
ঙমথৈ রাংমদা থুপালবা !

* * *

অমম্বদা ঙাল্লিবা
অঙানবদা মমলিবা,
মতমগী থম্মোই-ঈনুংবুং
মহৌশা তাইবং-শীঙ্খাবুং
নরময়াইবু ওইরিবা,
উদবা থংদবা !
পল্লেপফমশু নাইদবা,
পঙ্খাফনশু থংদবা —
ঈচেল লাবা অমোমগী
ঈহৌফমদি ওইরিবা !
চৈথৈ নংনা ওইবরা —
অহৌবা ময়েক নহাক্রা ?
তাইবং-ম্না-য়ুম্বীরেন্
পীনবিয়ু য়াইফক্কেন্ —
ময়েকী পংক্তি থাদোক্তুনা
লামাই পুম্বা হাইদোক্তুনা

# শাংনিংবী।

তাউজগে চন্দগী ঈপোমদা
কাব্যরস চুপচগে পেন্না ;
অশোক অশেং পামজদে
লেক্ ফোং ফোং কান্নদে,
ঐখোই পুম্না মাংলগা
ঐখোই পুম্না শেংগনি।
লেকু চাক্লে চাইরগা
অমম্ম অনম্ম ফোং ফোং।
বিন্দু বিন্দুনা তিন্দুনা
নৈই অমা ওইবনি ;
লৈইগী নোংমাক কোন্সিন্না
ক, খ, গী, শা, উচেক
অসিনচিংবা ওইবনি;
থংদবনা ঐ, মা, নং
অসি পুম্না হায়বনি;
ঐস্থু বিন্দুনা শাবনি,
পুম্নমকস্থু অত্তুনি
ঐখোই পুম্না তিম্নানি।
খেন্নবনা লাপ্পনি
পুক্নিংনবনা নকপনি,

পুম্নমক্কী মূর্ত্তিনা
অমগী মূর্ত্তি ওইহনসি।
ঈচেলগীদি ঈরোংকম
পুম্নমক্কী ঈফাংকম
মুৎপা য়ারোই য়ারোই
লৈতবা য়াদে থেন্নবা।
অমনা ময়াম ওইবদি
থেম্নবগী ছন্দনি।
ময়েক ঐখোই পুম্নমক
লৈই ঙমনা ওল্লবদি
কবিগী কলম পোন্থানি;
বিশ্ব-তাইবং কাবাগী
মওং অহু থনশিদো—
মপুগী শৈশক কাঙৈরনি,
তাইবং লেংবা য়াররোই।

* * *

ইপং পংনা মরৈসি
ঐখোই পুম্বা তাইননা
তিম্নবদি তৌফদে
পরেং কাঙদনা লৈনসি।

কাব্যগী লামাই ফাকপদি
ময়েক্কী মথৌ নত্তেকো ;
কবিগী খূৎফম তুংইন্না
ইথৌদাংবু পুবনা
ময়েক ঐথোই পূম্বগী
পুন্সিগী থবক ওইনশি।
অথোই অহেন নাইদবা
খেন্নরবস্তু মান্নবা
নিংখিজবা তাইবংনি
অমগা অমগা তাইনবা।
'তাইবংপানবা' হায়বদি—
'অমগা অমগা তাইননা
পংনা পানবা' হায়বনি।
থোইয়ুম বিধি ইবুংঙো !
পাপকী শূম চংহনা
ইবুংঙো নংগী কাব্যসি
মপুং মপুং চাথৎলে।
ময়েক ঐথোই পূম্নমক
শূমগী থায়াং তাথরে,
কনবীয়ু ননাই ঐথোইবু

শাৎনিংবা।

তাইবং-স্না-ঢ্রুম্বরেন্
পীনবিয়ু য়াইফক্নেন্ ॥
মে, ১৯৪০ ই
ইম্ফাল।

## শাৎনিংবা তপ্থো

চুখত্রিবা থাওমৈগী মতৌগুম
চাকথেক্লিব্রা ধূপকা মওংগুম
ইতা লৈরাং পোমলিবা
তাইবংবান্না খংদ্রিবা
অচোঙ্বা মতম লাকপদা
চোঙ্থগন্নু নপ্লুক্লিং।
নোংজু নুংশা মরক্তা
মতম খরা থাংউকো ॥
নুমিৎকী মঙাল লাকপদা
অমম্বা কৌবী লাইরেম্বী
খোংলৈ থুনা চেনখিনি !
× × ×
নুংঙাইবগী ইরৈনা শোকপদা,
অরাবগী ইতিহাস তাউখিনি ॥

# শাৎনিংবী।

ঙাংনিংবা অঙাং কয়ানা
ঙাংনিং ঙাংনিং ঙাংদেদো,
চোংনিংবা ময়োন কয়ানা
চোনিং চোংনিং চোংদেদো।—
কোকিলগী কুহু তাদ্রিবৈ
মতমগী য়েনিং হুন্দ্রিবৈ॥
ঋতু-নিংথৌ বসন্ত
শিদহিদাক পাঙ্গৈরিবা,
লিন্নিংথৌ অনন্ত
শূদ্র-মথৌ পুরিবা—
লেংবিরম্মী লেংদনা
জগৎলেংবা কবিনা—
প্রকৃতিগী থবাই হাপনবা
পৃথ্বীগী অরূম্বা পুনবা।
বসন্ত ঋতু লাক্লনি,
শিদহিদাক চাইরনি,
ইমা-লৈবাক পৃথিবী
পোরুফম লমদম নুংশিবী
ইমাগী লৈকোল খুদংদা
মচুগী ঈথক হৌরনি,

ইমাগী পামেল খুদিংদা
ত্রিম- কোলোই শক্লনি।
মোমোম্নবা মচুনা
ইমাগী ফীজেৎ ওইরনি ॥
বসন্তদেবী লাক্লনি
অনৌবা প্রেম পুহুনা
প্রেমিকশিংগীদমক্তা
যৌবনগী কিশি থোক্লবা;
অনৌবা য়েনিং হুল্লনি
অনৌবা লৈরাং শাৎলনি।
লিম্নিংথৌ অনন্ত
শুভ্র-মথৌ পুরিবা
পৃথ্বীগী অরূম্বা পুখিনি
মপুগী শৈশক থমদ্রিফাও।
তপথখোনে শাৎনিংবী
বসন্তদেবী লাক্লনি ॥

জানুওয়ারী, ১৯৪১ ইং।
ইম্ফাল।

## জ্ঞান তারকপদা

ইঃ করিনো তাইবংলা মংলা !
এঃ করিনো চীংসি ·চেল্লিনা !
চীংমাই চোমনঃ কুপলিবা
পামেল উশানা লেংবরা !
— — — — — —
রাগী কুঞ্জ মরক্তরা
শিঙুৎকী বন ময়াদরা !—
চেল্লিবা হে ভুরেল,
নমথেকে ছায়বা খোম্থাংনা
জয়গী তান থাত্তুনা।
লুপাগী ঈরি মরক্তা
য়েন্দো–চামড় হাইরি'সি
শরৎকী থাবল নত্তরা !
চীংলাইবক্তা নোমলি'সি
য়াঙ্গেন-জগোই নত্তরা !
— — — — ...
'ঙসি' কৌবী লাইরেম্বী !
নহাক্তী শকলোন য়ামইদা,




মংস্থু নহাকনি থাইবংস্থু নহাকনি,
অকীবস্থু নহাক চুংশিবস্থু নহাক
ফজবা নহাকনি অথীবস্থু নহাক।
বিশ্বমালেম অপূন্বা
ইমাগী খুত্তা লৈবনি,
জগৎ য়োকপীনি নহাকসি।
'ঙসি' কৌবী লাইরেম্বী!
য়োকপীয়ু ইমা ঐহাকপু
'হয়েং' লাইরেম্বীনা লাকত্রিফাও;
ঘুমদা পাউ তাকপীয়ু নহাকনা
ঐহাক মফম'সিদা লৈ হায়না।

— — — — — — —

হে থা! হে থরাম্মিচাক!
নখোইনা ঐগী লেংদবা মরুপনি,
থংলে ঙসিদি নখোইবু মুন্না;
নুমিৎ খুদিং মশীং থীজবা
অহিং খুদিং অচিকপদা য়েংজবা
নখোই নত্তনা ৱারবা মতম'সিদা
উথিদ্রে কনাগু শুক্লবা উমংসিদা।

— — — — — — — —

ঈচেলগী ইতিহাস শক্তুনা
যুগ খুদিং লেপ্তনা চেন্দুনা
জগৎকী থব্রাই য়েল্লিবী,
মপুগী ইঙ্গিৎতুংইন্না
প্রলয়গী কোলোই শক্লিবী
হে তুরেল য়াইফবী!
নহাকী স্মরগা তিন্নবা
অরাবা কোলোই শকচগে
ঐহাকী নৈজবা খোম্থাংনা;
পুবিখো নহাক্তা থম্মোইগী অরাবা
নাগতুরেলগী ঈচেল তান্না
ঐগী থোঙ্গাল য়ৌখিনবা।

— — — — — — —

ঐগী ফুরিৎ ঐগী ফৈজোম!
ঐগী মপুনিংলবা খোং!
ঐগী মপুনিংলবা খুৎ!
নখোইনা ঐবু থাদোকপীগনুকো
হয়েং কৌবী লাইরেম্বী
লেংবিরকলোগবা থুনা—
ইমা নংনা ালমজিংবিয়ু ঐবু।
হে ধ্রুবতারা!

লম্মাংনবা মীবু লমজিংবী হায়বদাই !!
ধ্রুবতারা উন উনসু খংখিদরে লম্বী
হে পুক্লিং ! কপলগনু অমুক ॥

সেপ্তেম্বর, ১৯৪১ ইং।
নহারূপ।

## অপংব তেংথা

রাখল-নোংলৈগী নঙন্দা
অৱাবগী নাহোংনা পুন্দুনা
লৈনা লৈনা পুরগা
তিংখংগী কুঞ্জ ময়াইদা
থাদবিরে ঐহাকপু।
রারে রারে —
য়েংবদা য়া কুমলবা
তিংখংগী মরক্তা হিপ্লসি;
হে রাখলগী নোংলৈ !
হে অৱাবগী নাহোং !
করি রাখল লৈদুনা
ঐবু অসুক চেৎনা পোবিবা ?

ৱারে ৱারে—
থম্মোইনুংগী মন্দিরদা
থৱাই পুক্লিং অনিনা
খুদাং পিক্ম তৈদুনা
হিকনা হিকনা তেংথাবা
তাদ্রবরা নখোইবু ?
থাদোকপীয়ু ঐহাকপু অমৃক্তা —
আশাগী ফকলাংদা
খাংবকনবগী য়োৎপী য়ৈদুনা
পুন্সিগী প্রোগ্রাম খেৎলিবা অসি
উদ্রবরা নখোইবু ?
নুংশিহৈতবা অৱাবা !
নুংশিহৈতবা নোংলৈও !
করিমতৌ কৌবনো ?
ৱাখল কৌবা নোংলৈনা
মোমোন তৌনা হায়রকই —
'হে অপংবা !
করিগী দমক নংনা কপলিবা ?—
চফু শাগদবা নৈপাক্লি
মেৎল শুর তৌবনি ;

লম্বীদা থাগদবা নূংশিংদি
নূংথংনা থুগাইবা হৌনৈনে;

হোরাঙ্গনা খাঙ্গবা উশিংদি
উপাক্ ওইনা থোকইনে। ’
অরাবগী নাহোংনা
চেৎনা কোন্দুনা হায়রকই—
‘ পঙ্গন্নুনে ইবুংঙো !
নাহোংনা পোরিবা অঙাংদি
চাউরকখিগনি থংউনে।
নংনা হিপলিবা কাংথোনগী,
নংনা ফমলিবা চেয়ারগী
আত্মজীবনী তাদ্রিবরা ? ’

অক্টোবর, ১৯৪১ ইং।
ইরং।

# ঈশৈগী লৈবাক

থম্মোইন্নুংগী ইথিনবুং ইথিনবুংগী মায়োক্তা
চৌংশাং অনি কাগুপ লৈ।

ইথিনবুংনা ঐহাকপু কারো কারো হায়দুনা
ইনখৎলকপা হৌরকলে ॥
শান্তি-চীংদা কাশিরা ! প্রেমগী চীংদা কাশিরা !
‘ নচল ঐনা লমজিংনি ’—
অসি ৱাদি হায়দুনা আশা কৌবী নুংশিনা
প্রেমগী চীংদা পুখৎলে
ছন্দগী ঈপোম ময়াইদা অচুম্বনা ফিবম ওইরিবা,
নুংশি-খাংপোক মনুংদা
অৱা নুংঙাই য়ারেকপা, পেন্দবা মিৎ কয়ানা
অথুপ্পা পাউ পুদুনা
মিৎ পান্দবা থম্মোইবু ফজবগী লাংদা থুহনবা
স্বর-তানগা তিন্ননা
মনিংতম্বা ঈশৈনা পুক্নিং খুলোকপী শান্নবা,
তাইবং-য়েংহ্লৌ-পোলোইফম
অঙকপনি নৈবাকসে ঈশৈগী দেশ হায়বসে ॥

* * *

ঈশৈগী দেশ কোইরিবা, চিথেক কোঞ্জিন চেল্লিবা
জ্ঞানগী ইরেন-তোর্বান্দা
থংলেন নূরা কবিতা শান্তি-নুংশিৎনা থৌগল্লি
লোম্নবা চীংদগী লাক্কুনা।

হনুমানগী সীতারাম কবিতাগীদি ছন্দনি,
মহাভারতকী কৃষ্ণার্জ্জুন
ঈশৈগীদি স্বর-তান চপ্চাবা পান্দমনি ॥
ইচিন ইনাও ময়ামশা!
ঐখোইপূম্বা কবিনি, তিন্ন-কোলোই শক্লসি।
হিন্দু-পাঙল্-খ্রীষ্টীয়ান্!
হুণ-দ্রাবিড়-মঙ্গোলীয়ান্! পৃথিবীগী জাতি খুদিংমক!
হন্না য়েংসি মাতৃভূমি পৃথ্বীবু;
তান্না য়েংউ, অনিশুবা মাতৃভূমি- মীওইবগী নিংশিং-জগৎ
হন্না য়েংউ, অহুমশুবা মাতৃভূমি—
থরাইথিবিকী য়েহ্লোফম পরমাত্মাগী লাইরেবাক।
ইচিন ইনাও ময়ামশা!
গর্ভ অমতদগী লাকপনি, কাউগনু ঐখোইগী মাতৃভূমি,
তিন্ন-কোলোই শক্লসি ॥
সাম্যবাদনীতি চৎলিবা অহিংসানা ধর্ম্ম ওইরিবা
ঈশৈগী লৈবাক্তা পুল্লসি,
সাম্রাজ্যবাদ কাউরসি গান্ধীবাদকী মৈরা থল্লসি।
ইমা হায়নবু কৌশিরা?
ইচল ইচেবু হায়শিরা? লোঈনবী ওইশিরা?—
থংলেন নূরা কবিতা

প্রেমগী চীংবু কোল্লিবী মহাকপু ফংবা তানবনা
তিম্ন-চনিং তাগনি ॥
প্রেমগী চীং কাখৎসি ঈশৈগী দেশ তম্লসি
তিম্ন-কোলোই শক্লসি ।
প্রেম-সংসার থাদোক্কুনা শান্তি-চীংবু তমলিবা
মুক্তিবাণী শক্লিবা !
ঐখোই পূম্বা তম্লসি নুংশিরৈমগী লৈবাক্কা ॥
শান্তি-চীংদগী শক্লক্লি
মুক্তিবানী তত্ভনা— 'আশাগীদি মবুংঙো
পুক্লিং স্না বিদেশী,
লাংলেন স্না অনি অৱা নুংঙাইগী মায়ানা
মরৈবাক কাউদ্রুনা,
লীলাভূমি প্রেমগী চীং,— লম্বীতা মরৈবা
য়ুমদাফমদি লৈতবা
ঈশৈগী দেশতা লৈনিংদে; আশানা চীংদ্রুনা
লাংলেন অনিগা লোইননা
অমরোমদা অমুক চৎ অমরোমদা অমুক ফৈ
খোইদাফমদি লৈতবা ॥
প্রেমগী চীংখোং শংলিবা আশানা লৈরিমথৈদি
মায়াগী লাং তংলরোই,

মায়াগী লাংদা চংলদি খোইদাকমদি নৈররোই
তাইবং-জীব অপূর্ব্বা!
ইরৈবাক্তা হল্লসি হঞ্জিনফমদা চৎলসি।
মুক্তিগী মৈরা পাঙ্গথংলো,
হোরেন হয়েং তম্লন্থু, তাইবং-পুক্নিং বিদেশী!'
ৱায়েলবনা কবিতা,
লমজিংবনা আশানা, অৱা নুংঙাইনা তুংইনবা;
থবকনা ইমানি,
পাঙ্গলনা ইপানি, খোনা কৌবী ইচে নৈ,
ৱাখলনা য়ুমদাকম।
পুন্সিগী লোঙ্গইনবী থংলেন কবিতা-আশানা
লাংলেন তুংইনবী অনিগা
অনৌ অনৌবা ইফুৎকি প্রেম-জ্ঞান ছন্দ-রস
ৱাখলগী খোংনৈ তুংইম্না
পীরি করিশু ৱাঃত্তনা লম্বাগী লমথেক খুদিংদা॥
ঈচেল খিবিক খমলবা
করিমতা য়াওদবা পুমহাং হাংজুনা নৈরবা
থম্মোইগী লীলা লেপ্লবা
শান্তি-চীং পামজদে; খেম্নবগী চৈথৈ চিংলবা
রস পুন্নমক চমথ্রবা

মরিমতা লৈত্রবা অমতদা পুল্লবা
শান্তি-রস চুপনিংদে।
অমম অঙানগী তাইবংদা লৈহী চেনবী চেন্দবী
লৈরাং খিবিকনা, লৈতেংবা
মপুগী লৈকোল অসিদা লৈজনিংই ঐহাক্তি।
অনৌ অনৌবা প্রেম-রস
স্বর-তান ছন্দ-জ্ঞান পূন্নমক্কী মরক্তা
লৈজনিংই ঐহাক্তি।
শান্তি-চীংবু তমলিবা ঈশৈগী দেশ তমলসি
তিন্ন-কোলোই শরুসি।
প্রেমনা জয় ওইসনু ঈচেল লেপ্তবা ওইসনু
মপুনা নিংকা থুংসনু ॥

অক্টোবর, ১৯৪১ ইং।
তরুং চাং।

# থৌগৎ-পুকমেন

অয়ুক অঙনবগী মেংলবা নুমিৎকী মঙান্না
সনাগী ফীজং খল্লিবা নংগী ইংখোল 'পৃম্বদা
কনানা থিংলুবা ঙমগনি ?

তেংবানবা মপুগী শম্বল খাদবা ইংখোলদা
প্রকৃতিগী লন ফংবদা সৃষ্টিগী রস চুপ্পদা
কনানা থিংলুবা ঙমগনি ?

নিয়মনা পীবা লন্নিকো মপুনা পীব' লনসিদি,
কনাস্থু থিংবা ঙমদেকো নিয়মনা পীবা পোৎসিদি,—
নিয়মনা ৱায়েনবা জগৎনি।

শংবান্নরবা অতিয়া থম্বিরি ঈশ্বরনা,
থানবিরি থৱাম্মিচাক নোংমদোন শীস্থুংনা,
ৱাগন্নু হে লাইরবা

অৱাংপনা ঈচেলগী পুন্সিনি,
হোৎনবনা পুন্সিগী ঈচেলনি—
কাউগন্নু হে লাইরবা !

হোৎনৌ হে লাইরবা অৱাংপবু মেন্নবা
নংগী পুন্সিবু লৈতেংগে হায়রবদি
হোৎনৌ হে লাইরবা !

ৱাত্তে খুৎলাই নংগী করি ৱাৎলি—
চৎনবা খোং পীবিরি, শূনবা খুৎ লৈরি
নংগী করি ৱাৎলি ?
পীবিরি পাঙ্গলসু পীবিরি ৱাখলসু,
তানবা নাকোং য়েংনবা মিৎ—
করি ৱাৎপা লৈরি ?
ৱাত্তে নংগী শিন্থাবুং ঈচেম্মা লেপত্রিমখৈদি,
থবকসু চেল্লোই নংবু লাইরবনি হায়দুনা
হোৎনৌ হে লাইরবা !
কপকনু অরেম্বদা নচিন ননাও লৈতে হায়দুনা,
কপকনু লাইরবা নমা নপা লৈতে হায়দুনা,
খল্লু পূম্নমক নচিন ননাওনি,
খল্লূ অত্তোপ্পগী নুপীবু ইমা ঙাকনি,
নিংউ ঈশ্বরবু ইপামকনি—
নংগী করি ৱাংলি ?
সমাজনা তুহৎপা চাওথৎপগী থোঙ্নি খন্দোকউ—
লাম্থোক্নবা হোৎনসি, তুংহমনু নপুক্নিং
লাম্থোকউ হে লাইরবা !
তাথী ৱাহৈ পূম্নমক নুংশি-কৈরাকনি খন্দোকসি—
কাথৎনবা হোৎনসি, হন্থগনু নপুক্নিং
কাথৎলু হে লাইরবা !

নুমিৎ থরগীদমক থাংসি অৱাবা থাংসি,
মীওইবগী মপোক নত্তে অরেম্বদা শেম্বা,
য়ারোই অরেম্বদা তাবা।
তাও হে লাইরবা ! অৱাৎপা মেম্বা মন্ত্রশি—
"তিনশিম্বা ৱাখলদা হোৎনবনা ফেন্দুনা
শাথরবা পুক্লিংগী নৈতে অমতা অৱাৎপা।
ফনা বন্দুনম্নু হোৎনবা থাইদোক্নবা পুক্লিংগী
অৱাৎপগী চৈখৈদি, বিশ্ব-তাইবং কাব্যদা
চিংদ্রি হৌজিক ফাওবদা।"

অক্টোবর, ১৯৪১ ইং।
ইম্ফাল।

## থমলরোই থিংদুনা

য়োৎলো হে ঐগী অপাম্বা !
পৃথিবীগী অৱাবা য়োৎলো।
চাকলো হে ঐগী অশাওবা !
অশাওববু চাকলো॥
ঈকাইয়ু হে ঐগী ঈকাইবা !

ঐনা চুমদ্রিফাওবা ঈকাইয়ু!
কল্লকউ হে ঐগী কল্লকপা!
অচৌবা থম্মোই কল্লকউ॥
হূরো হে ঐগী হূনিংবা!
থম্মোই পূম্বা হূরো।
খংউ হে ঐগী অখংবা!
'ঐ' মশক খংউ॥
থমলরোই থিংহুনা থমলরোই—
যৌবনগী ঈচাও কারকলো,
কারকলো হে ঐগী যৌবন!
চাংজৌ পানা চেনখরো,
নমথেকলো পন্ পূম্নমক,
চেনখরো হে ঐগী যৌবন!
নমথেকউ হে ঐগী ধর্ম্ম!
জাতিগী পন্ নমথেকউ।
ফজৌ হে ঐগী ফজবা!
অচুম্বমুক ফজৌ॥
খোংউ হে ঐগী বাঁশী!
কৃষ্ণগী মুরলীগুম খোংউ।
থমলরোই থিংহুনা থমলরোই—

য়েংলো হে ঐগী মিৎ !
পরমাণুবু য়েংলো ॥
তারো হে ঐগী নাকোং !
উদবনা চৎপা খোংথাং !
চিংশিল্লু হে ঐগী থম্মোই !
মাধ্যাকর্ষন্না চিংবগুম ॥
শীংনৌ হে ঐগী খোং !
শীংনৌ মঙানগী খোংচংকা।
নুংশিয়ু হে ঐগী নুংশিবা !
পৃথিবীগী মরিক খুদিংমক ॥
কোঈরগে ঙসিদি কোঈরগে —
চিদাইদগী চিদাইদা,
আকাশতগী পাতালদা ;
ঙাগা ঈরুপমিন্নগে,
লৈচিনগা য়ারেকমিন্নগে,
কৈগা মরুপ শান্নগে।
ঈচেল ময়ামগী মরক্তা
ঐগী ঈচেল মাংসনু।
থমলরোই থিংদুনা থমলরোই ॥

নভেম্বর, ১৯৪১ ইং।
আগরতলা ( ত্রিপুরা )।

# অঙাওবগী ঈশৈরা ?

চৎনিংদে থোংথক্লা, লাঙ্গগে থোংখাদা,
চৎনিংদে লম্বীদা হান্না চৎনবা,
চৎচগে ঐহাক্তি চৎনদ্রিবা লম্বীদা
নারক্লা মোংশোংদা লৈকুপ্তা লৈতোংদা ;
কান্নদে মোম্পাক হিপচগে উনাদা,
কাঙ্গরোই মথক্লা মথাদদা লৈঙ্গগে।

তুংইনবনা অথীবা, লময়ানবনা লৈতেংনি ;
অমম্বগা লোঈনবা অঙানবগা শীংনবা
অসিনা ঐগী পথাপনি—অনৌবদা পামজেনে।
অমুববু ঙৌহনগে, অখোঈববু চুমথোক্কে
অশোংববু হাইদোক্কে, অনৌবা মঙান পুরক্কে
অনৌবা লম্বী থনমগে—অনৌবদা পামজেনে।

খুনুং চানবা নোংপোকনি, শায়োন পাম্বা নোংচুপনি,
'মনুংগী নুংঙাইবা' নোংপোক্কী, 'মপানগী নুংঙাইবা' নোংচুপকী;
নোংদম-ফীরেপ নিংথিবা নোংপোক নোংচুপ ওন্নবা—
পীথোক পীশিন তৌদুনা অনৌবা যুগ শেমগনি।
অনৌবা কীবা নোংপোক্লা অনৌবগী ঈথক হৌসনু,
অনৌবা নুমিৎ থোকসনু নোংচুপকী বিজ্ঞান-নুমিৎকুম।

অনৌবনা ময়োম্নি, ফজবা নিংথিবা
থৌগৎপা নুংঙাইবা—অনৌবনা ওইবনি ।
নৌবু নৌরিমখৈদি হেঙ্গৎপদা থংগনি ;
ময়োনবু লৈরিমখৈদি চোংথৎপনা মশিন্নি ॥

ডিসেম্বর, ১৯৪১ ইং।
আগরতলা ( ত্রিপুরা )।

# মহাজাতি

অহংকারগী য়ুস্ফম 'থক্তা
থব্রাই অনিনা শাজরম্বা
অমাং অতোংগী ফুরা
লুপখ্রে বিশ্বপ্রেমগী ঈপাক্তা।
হরিসঙ্কীর্ত্তনগী হিথক্তা
তাইবংজীব কয়াবু
নদীয়াগী নিমাই হিহোনবনা
পুবিখ্রে অমৃতগী ঈপাক্তা ।
জাতিগী ইতিহাস লুপথরে,
ঈপাক অমতদা তিনথরে,

শেমথরে হেন্না চাউবা জাতি—
'তাইবংজীব' কৌবা মহাজাতি
ডিসেম্বর, ১৯৪১ ইং।
নবদ্বীপ।

# কীগনু

মাংগী ঐ মাংগী ঐ! কদাইদা লৈ মরুপ?
'মৃত্যু লাইরৈমগী মন্দিরদা।'
তুংগী ঐ তুংগী ঐ! হল্লসি ইমাগী গর্ভদা
মাংগী ঐ উনিংদে।
তুংগী ঐনা লাওরকই—'য়োদবা য়াদে অশীথোং,
তুংগী ঐ শৈলেরিমখৈদি।
কীগনু ময়াইগী ঐ! শিহল্লোই নংবু মিংচৎনা,
চৎখিসনু থরাই,
মাংখিসনু নংগী পঞ্চভূৎ, তৌরম্মু অফবা থবক্তা
থনম্মু ফজবা মিংচত্তা;
য়েক্কুনা থমগনি সনাগী মুকনা ইতিহাসকী লামাইদা
নংগী লেংদ্রবা মিংফম।
কীরবা মতমদা নিংশিংউ ঐবু,

ঐনা নংগী ইতিহাসনি।

ঐনা শোঈদনা য়েক্কনি নম্মিং লংলবা সনাগী মুকনা

তৌরম্মু অফবা থবক্তা।'

জানুওয়ারী, ১৯৪২ ইং।

রাধাকুণ্ড।

---

# নিজবা

খোংলকলে ইমা অথাপ্পগী বাঁশী

অথাপ্পা লৈগী বন মনুংদা

খেন্নবগী চন্দন থীনবা ইরৈবাক্কী মপান্দা;

পংক্তি থুগাইদুনা চৎলগে

চিংলোন চাতরেং লান্না সমত্রু তরেং বাংমদা

খংনদবগী মরক্তা।

শুম্বিরগনু নচাবু মতমচুপ্পা

ইমা নহাক্কী তম্পাক 'থক্তা;

ইমাগী অমৃতদা ইন্দুনা নাওশুম কোলোই শক্তুনা

শুম্বিরগনু অমুক নচাবু

মতিকচাবা নচা ওইহনগে নিংলবদি,

ঈকাইবা ফীরুক হাংগে নিংলবদি।

দেশ খুদিংমক্কী হৈরাংলৈরাং হেকচরুগে ইমা

ইমাগী পুজাগীদমক্তা;
পুজরকে অনৌবা জ্ঞান, লৌজংগে অনৌবা শুর
ইমাগী চরণ কৎনবা;
থাদোকপীয়ু ইমা নচাবু, থম্বিরগন্মু নাওশুমদা।
চেনখ্রসন্নু ইমা ঐগী ঈচেল,
চেনখ্রসন্নু লেংগুনা কীরবা নুংগাই মরক্তা,
অশুকপদা অহাংবদ', অনেম্বদা অৱাংবদ',
লৈজবা পাঙ্গল উৎলগে
ইমাগী খোমলাংমন্ শিংনবা।
থিরুগে ইমাগী মাংখ্রবা লন্
পাতাল কাপথাঙ্গনবা খুৎলাই;
অর্জ্জুনগী মণ্ডক শমনবা মণি
লৌরুগে ইমা পাতালদগী;
লৌখৎলুগে ইমাগী মৈতৈময়েক,
গুরু তরেৎকী জ্যোতিষ শাস্ত্র।
খোংলকলে ইমা অথাপ্পগী বাঁশী
অথাপ্পা লৈগী বন মন্নুংদা—
পীনবিয়ু বিদায় মতম থরগীদমক্তা॥

জানুওয়ারী, ১৯৪২ ইং।
কাম্যবন (মথুরা)।

# কবি অমস্থং লৈরাং

কবি। কনাগীদমক শাৎপনো লৈরাং
বিশ্বমালেম-লৈকোম্মুংদা ?
কনাগী আশানা হিংবনো লৈরাং
কৌরবা লানফম তেংবানবদ ?
অর-নুংঙাই মিকুপ্তা লৈরাং মাইথোং হোংবদি
কনা মশুংলা'গীনো ?
কনাবু শুঙ্কৎপা পুরকপা ননমনো—
কনাগীনো নহাক্কী ফজরবা নশক ?
করিগীদমক শাৎপনো লৈরাং—
ঈশ্বরগী চরণ কৎনবরা
খোইমুদা অমৃত পীনবরা
করিগীনো লৈরাং নংন শাৎপা
বিশ্বমালেম-লৈকোম্মুংদা ?
শ্রীগোবিন্দগী মালিনী !
ঙাইখো অমুক লৈথিবী,
থেক্কৎখিন্নু লৈরাং-লৈখোক,
লৈরাংগী পুক্লিং হান্না হংখো ;
শোকথিগন্নু ঙাইখো খোইমু

ঙৈরাংগী পাউখুম তাখো।

ঙৈরাং। খোইগূ অমগীদমক্তা ঙাইজরিবী ঙৈরাংনি
পোমলিঙৈদগী তুংখৎচরবা
অমৃত পূর্ণমক কৎননবা;
ঙৈহী ঙৈ্ম কৎখ্রগা,
মহৈ ওইনা য়াম্লগা,
ঐনা কেনখ্রে হায়রগা,
বিশ্বমালেম-ঙৈকোন্দা
মরু 'মতং ঙৈহৌনবা॥
স্বর্গদগী পুজরকপা
থম্মোইগী লম্নি অশেংবা—
ঐগী ঙৈহী ঐগী ঙৈনম
থম্মোইগী লম্নি অতাংবা
স্বর্গদগী পুজরকপা।
মরু হুনবা ঙমহন্দনা
ঈশ্বরগী চরণ কৎপীরগা
কনাগী আশা থুংলিবা?
করিগী আশানা তাইবং-মীনা
ঈশ্বরগী খুয়াদা কৎপীবা?
ঙাইজরিবনি ঐহাক্তি

খোইমু অমগীদমক্তা ॥

কবি। লৈরাং নংনা কেল্লগা

লৈহী লৈনম কংলগা

মহৈহুগী মনুংদা

লৈহী লৈনম লোৎপদি,—

নহাক্কী নশক তনৌবা

লৈরাং নংনা থুপ্পদি

কনাগীদমক থুপ্পনো ?

লৈরাং। ঋতু-নুংশিৎ তুংইন্না

থরাইগী ঈচেলদা তাউজবা

লৈরাং-পুম্সিনি থংবিয়ু;

অমম্বা মিকুপ খুদিংদা

ঋতু-পোইরৈ য়েংদুনা

লৈরাং-পুম্সি থুপ্পনি।

মার্চ্চ, ১৯৪৩ ইং।

ভাংখম।

## ফত্তবা থবক্কী মন্ত্র

পামজদে ঐহাক্তি অচুম্বা থবক্তি,
তৌজগে ফত্তবা অরানবা থবক্তা ।
ফত্তবগী মন্নুংদা য়াম্নরিবা অকবা
মাংখ্রনি থম্দুনা থিগৎচবনি ঐহাক্লা;
থুংহনবিয়ু হে ঈশ্বর ননাইনা নিংজবা ॥

এপ্রিল, ১৯৪৩ ইং।
তাংথম।

## শেংদোকপা

মেনকা লক্ষ্মী দুর্গা অহুমগী গুম্না লৈতেংবী
লৈহাউ থম্মাল কেতুকী
মৈতৈলৈকোনগী লৈরাংনি ।
শাৎপনি তাংনা গুণ অহুমগী লৈরাং
বিশ্বমালেম-লৈকোম্নুংদা ।
লৈহৌ চেনবী চেন্দবী
লৈরাং থিবিকনা লৈতেংবী
নিংথিজে ইমালৈবাক মণিপুর ॥

নীরৈবাক্কী পাইরকপা তমথীরবা তীন চংডুনা

কেনবা তারে ভুমনা

ইমা নহাক্কী হৈরাংলৈরাং।

শিংখরে অকেবা-অতোংঅরেমগী নুংশিৎ

মৈতৈলৈবাক শীনবা থুংনা;

কেনবা তারে ভুমনা

ইমা নহাক্কী হৈরাংলৈরাং —

পাম্মুইদা ইমাগী হৈকোল লৈকোল

মৈতৈসমাজগী থম্মোইদগী ফুঙৈনা ফুঙৈনা চেম্মরকলি

মীজাৎকী মিতম-ঈচেম্মঃ

হৈকোল লৈকোল খুদিংদা।

য়েনখরে লৈহাও মিতৌতম্বা ভুরেলনা,—

ফংলরোই তশেংবা মৈতৈগী উহৈ;

নচাশিংগী শিংলি খুদিংদা

চংঙ্গগনি মাসিগী মহাও,

লুপখিবা তারে মৈতৈগী মান॥

তেকপা তারে মৈতৈসমাজ, ভুপথ্রগনি মৈতৈধর্ম্ম

মিতৌতমগনবা নচা পোকপনা;

ভুপথ্রবদা মথোং কৈদৌনি মতোম্মা!

লাই়রৈবাক মণিপুর হরিসঙ্কীর্ত্তনা লান্নফম !
ইজাৎকী লীচৎ থাদোক্তুনা
মীজাৎকী ফীজেৎ হোংহুনা
মীনাই ওইবা তমলিবা—হে মৈতৈগী শা
মুক্তিগী লম্বী থিহৌরো ॥

অমৃতগী ভুরেলনি খন্দুনা হূগী তুরেন্দা কুমলিবা,—
মশাদা মৈ চাকপা উদবা
মিভাংবা নচা কাংবুগী
পী়বিয়ু ইমা য়েংনবা পাঙ্গল, কনবিয়ু নচা ময়াম্বু।
লৈমিন্নবা লৈকোক-লৈকাইগী
মীকপ-মীরাও তাদ্রবা
নাপংবা নচা কাংবুগী
তানবা পাঙ্গল পী়বিয়ু ॥

হুনখ্রবনি মযাংডৈনা অর্জ্জুন্না মাইথীবা হাক্কক্তা
মৈতৈ-অকনবগী মরূ
ইমা নহাকী লৈকোন্দা ।
রাংথৈরাকপা, চীংলেন স্না, টীকেন্দ্রজিৎ, পৌনা
মরূ অদুগী পাম্বীনি—
ইতিহাসনা সাক্ষী ওইবিরি ;

ইমালৈবাক মণিপুর
অকনবগী হৌরকফম।

ভাগ্যচন্দ্র ঋষিনা তেখাও-শামু ফাখিবা,
দ্বাপর যুগকী কৃষ্ণনা
কলিযুগতা ফাওখিবা,
চিত্রাঙ্গদাগী নৃত্যকলা মৈতৈলৈবাক্কী মেঘরাগ—
লৌরি ইকাইখুম্নবগী ৱারী
ইতিহাসগী লামাইদা;
মৈতৈলৈবাক্কী নৃত্যকলা
ফমখরে বিশ্বসভাগী আসন্দা॥

থুপ্পা ময়ারোই-বভ্রুবাহনগী পোক্নফম অর্জ্জুনগী মাইথীফম,
শিবদুর্গাগী শান্নফম
গুরুতারেৎকী পোক্নফম,
অনন্তগী মণি চাইথোকফম, মৈতৈলৈবাক্কী য়ুমলৈম্মা
মৈরক্তা শাৎপী লৈরাং
সতী থোইবীগী পোক্নফম
মৈতৈ-ম্নালৈবাকনি
ঐথোইগী লৈবাক মণিপুর॥

কুনশুবা শতাব্দীগী ময়াইদা মীরৈবাক্কী লক্ষমীনা লাকপদা
খংহৌদরে মৈতৈলক্ষমী লেংখিবা
মৈতৈগী লন্ পূম্নমক পুহুনা।
লম্বীদা চাইথোকপা শেল খুনবা হোৎনরিঙৈদা
ইথক্কা নেৎপা খংহৌদরে
মীজাৎকী ইমান্নবা কয়ানা।
শেন্দগী হেন্না চাউবা পোৎ
মশক খংদবা মচানি॥

হৌরসি মহাযজ্ঞগী মৈ
পৃথিবীগী জাতি খুদিংমক
তিনখ্রবা ইমা নহাক্কী তীর্থদা।
কৌথোকপীরো ইমা নচা খুদিংমক,
তাকপীরো ইমা অনৌবা মন্ত্র—
নচা পূম্নমক লাঙৈমিং লৌবিরো।
পামলে ইমা মতিক ওকপা প্রায়শ্চিৎ,
কৌথোকপীরো ইমা নচা পূম্নমক॥

হৌরসি মহাযজ্ঞগী মৈ থ্বাইমক তিন্দুনা;
নহানমথৈ তৌরকপা পাপ

মৈ লাইরেম্বদা কৎলসি ।
লেপ্তুনা লৈরে সমস্যা কয়া কয়া
মরৈ লিশিং অমা তিংথোক্তুনা
মৈতৈসমাজগী ঈ থক্কদবগী,
হিংচাবা কয়া কয়া ঙাইদুনা লৈরে
মৈতৈজাতি য়োৎকদবগী ॥

লেংথোরকলো মাতৃজাতি
দুর্গাগী স্বরূপ লৌদুনা,
লাকলো উর্ব্বশী লক্ষ্মীগী তুংইন্দুনা,
য়াওররো মহাযজ্ঞদা—ঙমজবা চেংথোইদিং কৎলরো,
নংগী নংগী শিনফম লেপ্পরো ;
মৈতৈলৈবাক্কী য়ুমলৈমা !
মেনকা লক্ষ্মী দুর্গা
অহুম্মক্কী শক্তি উৎলরো ॥

পুক্লিং লিশিং পানবী থম্মোই ইনাকখুনবী
নরৈ কোটী পানবী !
তাইবং-স্নাকৈথেন্দা
থম্মোইগী লুকমাঈদা হাপ্তুনা থুপকি-কিবা পুক্লিংনা

প্রেম্বু লল্লোম্নরিবী !
অনৌবা নাম ফংলরো,
নংগী নংগী শিনফম লেপ্পরো,
মহাযজ্ঞদা য়াওররো ॥

হে লৌশিংশিংবা ! হে য়াইফবা ! হে মহৈহৈবা !
মশীং থীহৌররো—
মিভাংবা নচিম্ননাওগী,
কয়ানা মরোল থোক্কবা, অমোংপা কীবনা কয়ানো ;
অমম্বদা চংনিংদবা, অঙানবদা লৈনিংবা !
পূম্নম মমখ্রবদি মৈতৈলৈবাক
কদাইদা লৈগদৌরি য়াইফবা
হে মহৈহৈবা হে মশানানবা !

মশীং থীহৌররো নচিম্ননাওগী মশীং—
য়েংহৌররো মশক সমন্যাশিং অসিগী
ঐখোগী ঈ চুপকে ঙাইরিবা ।
ঙসিগী মহাযজ্ঞদা মৈতৈজাতি অপূম্বা
ফংহৌররো অনৌবা নাম ;
ইমানা পীবা মন্ত্রনা

ঐখোই খ্বাই মাম্না
ঙসিদগী লাঙ্গমিং লৌরসি ॥

কংখ্রনি মীতৌতম্ব-ঈচেল মহাযজ্ঞগী মৈনা ;
ইমা নহাক্কী লৈকোন্দা
লাকলরোই অমুক মীরমগী তীন ।
চোংলগনি অমুক অনৌবা ময়োন হৈপাল নৈপাল খুদিংদা
শিংলরোই অমুক অকেবগী নুংশিং
মহাযজ্ঞগী মৈ কীবনা ।
য়েক্লব-শম্বল চাকখ্রনি—
ময়ামনা অমা ওইরনি ॥

লেংলক্লনি লনগী লক্ষ্মী মহৈগী লক্ষ্মীগা লোঙ্গননা
নোল্লুকপা থৌনা পুম্নমক পুদুনা ;
মাস-এডুকেশন লাক্লনি, অবাৎপা খিবিক মেল্লনি ।
খুংশম্নদুনা কোঙ্গরসি মহাযজ্ঞগী কুণ্ড ;
"লীচিং অমতা ওইদুনা
মৈতৈসমাজ উদ্ধার তৌ"—
মন্ত্র অসি শক্লুনা
ইমাগী খুয়াদা বাশকসি ॥

লেংখৎলো মাতৃজাতি! খুৎশমনরো ছাত্রসমাজ!
চংলকলো—হে মহৈহৈবা,
হে অতোনবা, হে য়াইফবা!

জয় মাতৃজাতি! জয় ছাত্রসমাজ!
জয় মৈতৈ পোকপীগী জয়!
জয় মৈতৈসাহিত্যিক!!
জয় মৈতৈকবিগী জয়!!!

মে. ১৯৪৭ ইং।
কৈথেলমানবী।

# নুংশি-থানিল

নুংশি-থানিল উদরে ভারত-অতিয়া মকোয়দা।
নিংশিং-মনম তাদরে মতম কুইনগীদমক্তা॥
কল্পনা কৌবী তারানা কুমথরে লম্মাংনতুনা
রাখল-পামেল মরক্তা ইঙেন থাগী তন্দনগুন
কুফেৎ-কাফেৎ তৌদুনা লম্বী থীবা মতাপ্তুম।
উরুরে দৃশ্য অমথক ভারত-লৈকোল মনুংদা—
ভারত-চনু লাইরেম্বী খুদাং-পীফম তৈরিবী

ক্রুশকী নীতি থারিবা মচা কয়াবু উবদা।
ললোনবা কাংবু অমথক ওক্লরে কৈথেল অমদা—
সীতা সাবিত্রী য়েম্লগা বিলাতী নুপী লেপশিল্লি,
থৌরাংকোঙ্গোই-য়াইওইবা স্বার্থত্যাগকী মহুত্তা
লংলা-মরী অশেংনবা মশাগী ওইজবা তানশিল্লি,
ভরত লক্ষ্মণ অনিগী ময়াম্বা নীংগী মৈরা'হু
য়েংশিনবগী মৈরাংগা শিন্নরি মাহুগী মহুত্তা।
কল্পনা-ভারা য়োরকলে ৱাহং-লমলোং মথাঙ্গদা—
রাম লক্ষ্মণ অনিসি হিন্দু মুসলমান নত্তরা?
ভরত শত্রুঘ্ন অনিসি শিখ পাঠান নত্তবা?
শম্মগী উরুম-থাংপোক্ত নোংচুপকী শা চংদুনা
ভারত-শান্তি থুগাঙ্গিরে,—নুংশি-থানিল উদরে
নিংশিং-মনম তাদবে ভারতকী আদর্শ মাংখরে॥

সেপ্টেম্বর, ১৯৪৬ ইং।
গৌহাটি।

## খাংবা ঙমদবা

নোংদম্বগী শাপনা লৈক্রক চৎলবা থম্মোইদা
নুমিৎকী মৈরীগা মান্ননা
কাপথৎলিবা অন্না-মৈগী ঈফুৎনা
চাকলবদা ঐগী হকচাংসি
চোংশিনগনি খোনাফনা
কোরবা মৈগী ঈফুৎনুংদা ।
হল্লক্কে মৈনু জয় তোরগা
মৈদগী হেন্না ঙাল্লবা
অঙকপা মূর্তি লৌদুনা
তাইবং-লানফম ময়াঈদা ।
খিংদোকে পুক্লিংগী
অপন্‌বা পূম্নমক ;
তাল্লুগনি ফংদ্রবা লন্
অমাং-অতোংগী
হিসাব রাংমদা ;
তানগনি লন্ পূম্নমক
হূগী সমদ্রুদা ওইরবস্নু,
মৈগী নোংনা কোক্কা তারবস্নু,

সাহারা মরুভূমিনা থম্মোইদা লৈরবস্থু।
অঙকপনি ! অঙকপনি !
খাংবা ঙমদ্রে মৈচাক অমদি—
সমাজগী থম্মোইসি ৱামৈ চাক্কুম চাকখ্রে
ঙংকা মপৈনা কুপখ্রে,
থাংবা ঙমদ্রে মৈশাসি।
লুখ্রা-লৈনৌ কয়াগী থম্মোইদা
নুংশি-লৈঙীনা ঈহৌরকপা,
নৌরবা হকচাং-উরীদগী
থা খুদিংগী শাৎচবা শক্কী লৈরাংনা কেন্থরকপা,
অকনবা কনানা থাংগনি
লুখ্রা-লৈনৌগী অৱাবা ?
নুপীগুইবীগী ঈকাইবা, তমথীদা নখোইগী ঈকাইবা :
অৱাবা ফোংদোক্কগী পাঙ্গলস্থু
ঈকাইবনা পীবিদ্রে নখোইদা।
নুথৎহৌদ্রবদি মাতৃজাতিগী মৈচাকসি,
সমাজগী হকচাং পূম্নমক
শোয়দনা ঙংৎ ওইরনি॥
মরীমতা লৈজদ্রবা খোংতেক মিত্তাং চাকনিবা
লোম্থোক্কদা অঙাওবা

পাম্বে লান্ফম লৈত্রবা—
অৱাবগী মূর্ত্তিশিং অসিবু করমনা য়েংদুনা খাংসিগে ?
খাংবা ঙমদ্রে থম্মোইসি,
পোকথাঙ্গবা তারে ঐগী থম্মোই।
সমাজগী হকচাং শিথহনবা তমথীরবা লাইথুংসি
কনানা পীবা লাইথুংনো ?—
তাকপীয়ু জগৎ-শেম্বও ॥

অক্টোবর, ১৯৪৬ ইং।
ইম্ফাল।

## চৎনবী

চৎনবীগী লম্বী-চিদাইদা চৎলিবা হে মহারোল !
মীরৎ-নারৎ য়েংদুনা নারক্তা হাইজিনগে তৌবদি,
হূৱান-মিৎয়েং য়েংদুনা লম্বীদগী ফৈদোকখিবদি
মহ'রোল মথোইগী লীচৎলা ?
অৱানবা লম্বীনি খংনা খংনা
থৌনা ফনা থাদোকপা ঙমদ্রিবা—
জাতিবু নুংশিবা উৎলিবোই !

জাতিগী অরানবা লৌচৎপু ফত্তে খংনা খংনা
ফোংনা তাথীদবদি, অচুম্বদগী জাতিনা হেল্লি উৎলিবোই ।
জাতিবু নুংশিবা নহারোল ! হূরান মিৎয়েং য়েংগনু,
লাল্লি খংবা লম্বীদু থোনা ফনা থাদোকউ;
'অর্থ খংদনা থাজবা'-নমথেকউ সমাজগী খুরবা কোর !
অচুম্বা লম্বী চংপদা মীরৎ-নারৎ য়েংবদি
কনাবু কীদুনা তোবনো ?
'অচুম্বা' 'অফবা' 'ফজবা' লম্বী অহুমসি চংপদি
কনাবুসু কীগনু কীগনবা হে নহারোল !—
ধর্ম্মনা মীচং ওইগনি নহাক্কী খোংথাং খুদিংদা।
জাতিগী খুরবা পম্নুংদা চৎনবীগী ঈশিং য়োকপদু
ধর্ম্মগী ফীজুম থাদুনা চুমথোকউ হে নহারোল !—
মাদুনা নখোইগী নথৌনি।

নভেম্বর, ১৯৪৬ ইং।
ইম্ফাল।

## যুগকী কোলোই

ঙাল্লরো তাইবং-মৈহৌরোনগী নোংঙাল্লমদাইদা
পাম্বোম মরি পানবী লাইরৈমা সভ্যতা !—

খুং নামদা থম্মোইগী পাত্র,
খুং অমদা নুংশিগী বীণা,
মান্নবা চংপা পুন্সিগী থৱাই পুক্নিং পুহুনা
পিগী দোলাই 'থক্তা থোজান্না শাথো ওইহনা ।
খুং নামদা ৱায়েলগী খুংশূ,
খুং অমদা জ্ঞানগী মৈরা,
মীওইবসমাজগী হকচাং-কায়াং পুহনা
কুমলকলো ধ্যান-সিদ্ধিগী অরোইবা অহিংদা ।
তুহংপগী চৈনাথোন ফংলবা
অশোনবা অতোনবা কয়ানা
চিক্লবা কাচিন্দা লুরুক্কা ফমহুনা
ফংলবা হকচাংগী শরু মশীং থীরিব',
তমথীবা শাস্ত্রনা ইমাগী জাতিবু
নরক্কী লমজং ওইহনবা,
অপাম্বনা জাতি কয়াগী ঈ চুপলিবা—
কনবিররো হে দেবী সভ্যতা লাইরেম্বী ।
লম্মৈগী তাঙ্গোইহনা পাইরকপদা
পাম্মগী লমদম চাকখ্রে নিংবগুম
লানগী মৈনা চাক্লবা তাইবং-লোৗবুক ময়াঙ্গীদা
তারিবা তাঙ্গোই উবদা সভ্যতা চাকথ্রগুম নিংইদা

চীংন্নুংদা খোংবা হয়িংনোংনাংনা
মাগী চিংনা খোংবা খোঞ্জেন্না
সন্ধ্যার্ত্তিগী শরিক্কুম প্রকৃতিগী থৌগন তৌহনা
মমানিংবা উৎলিবা ঈশ্বরগী য়াথং তুংইন্না,
মকুমথা য়ৌরক্লবদা
নোংদোন-লাইজনা থিকপদা
অশংবা ফীজোন য়োন্দুনা অমৃতপুবী পৃথ্বীনা
তাইবংজীব 'পুম্বগী অৱামখৌরাং কোকপীবা,
ন্নুমিদাংগী মতমদা
অত্যা-মুক্তা ময়ামনা
ভূমিন্না নৈবা ছন্দনা কৌরিবা দৃশ্য অথুম্বা—
হে দেবী! নহাক্কী ইঙ্গিৎ নত্তরা ?
অৱাবগী নোংজুথাদা
মিৎকী পিনা শীন্থরবদা
পলেমগী থোংলবা ফীজিগুম, থংলেনগী নৌরবা খুজেংগুম
তিংথোকপিগদগে কনানা হে দেবী নহাক নত্তনা ?
ঐনা নোকপা খুদিংদা
কনাগী মুংশিবা মিৎচিনা
নোকনি-মিৎয়েং য়েংদুনা কীরবা মোংফম মরক্তা
কনানা শেমগদগে শান্তিবন লাইরৈমা নহাক নত্তনা ?

লেংথরক্লো কল্পনালোক্তগী
কুনশুবা শতাব্দী অসিদা,
থম্বিররো মী খুদিংমক্কী থম্মোই মো খুদিংগী থম্মোইদা,
জাতি খুদিংগী থম্মোই জাতি খুদিংমক্কী থম্মোইদা।
ঈগী সিংহাসন্দা ফমদুনা
শাগী নিংথৌ ওইরিবা
লাইবকথীরবা জাতি কয়াবু থাঙৎপীররো সভ্যতাগী থাক্তঃ
নুংশিগী বীণা খোংদুনা অপাম-য়েংথী কাউহন্দুনা।
থৌদাবিররো হে দেবী
নহাক্কী রায়েল-খুৎশূ পাঙ্গদুনা
মীওইবজাতিগী থাক্তা কানবা শাগী পুন্সি থাদোক্তুনা ;
লমজিংবিররো হে লাইরেম্বী জ্ঞানগী মৈরা থাঙ্গত্তুনা।
তূমিম্মা শোনবা লাইশোনগী
লিকমালা চত্তুনা
শোল্লকলি ইবেম্মা নহাক্কী নাম জগৎকী ঋষি কয়ানা
ধ্যানগী আসন্দা ফমদুনা মৈথোরোম্মা পোকপদগী হৌদুনঃ॥

নভেম্বর, ১৯৪৬ ইং।

তরুং চীং।

# কনাগীদমক হিংবনো ?

~~শগোনশংদা~~ পোকপা যীশুখ্রীষ্ট,
কৈশুমশংদা পোকপা শ্রীকৃষ্ণ,
নিংথৌগী মজাইবুংঙো বুদ্ধদেব,
ইসলাম শন্দোকপা হজরৎ—
মমলবা তাইবং-লৈকোঙ্গীনুংদা
লুমিৎ ওইনা ঙানবিরম্বা
স্বর্গগী মঙান পুত্থনা
মীওইবজাতিগীদমক্কা
করমনা কাউগনি হে তাইবং
তোর্ব্বান অনিনা তিন্দ্রিমখৈ !
ফ্রান্স-নীঙোল জোয়ান্ অব্ আর্ক্,
ইংলণ্ডগী নেলসন অকনবা,
রাণাপ্রতাপ শিবাজী,
প্রতাপাদিত্য সুভাষ
ভারতকী ফাওরবা অথৌবা—
মরৈবাকনিংবা কয়ানা
জাতিগী ঈকাইখুম্নবা ঙাকপদা
থরাই হকচাং কংখিবা

মীওইবজাতিগীদমক্তি ।
বৈজ্ঞানিক সাহিত্যিক
সাধু সতী বিশ্বপ্রেমিক—
অচোবা কয়াগী থম্মোইনা
মালেময়াইবী 'থকাসদা
মন্দাকিনীগুম চেংল্লবা
পালেম পৃথ্বীগী সেবাদমক্তি ॥

— — — — — —

আত্মাঘাত তৌগে থৌরাংলিবা
কায়ন-মৈনা ভাওরবা প্রেমিকশা !
মাংহনগনু পুন্সি অরেম্বদা,
হাপ্পু নখোইগী প্রেম
সমাজগী অকংবা শরুক্তা
মফমচাবা য়েংহনা,
থারম্মু নখোইনা ভমজবা
থম্মোইগী পামেল থরদং ।
থনুংগী লৈহী কংদ্রিবী
হে লুখ্রা-লৈনোশা !
কংহনগনু লৈহী অরেম্বদা
সৃষ্টিগী লন্নি অপপ্পা,

মপুগী শাপ ফংগনি
হাপত্রবদি নখোইগী প্রেম
কনাগুম্বগী নুংশি-পাত্রদা
সমাজগী অফবা য়েংহুনা।
নৈহী মশক থংদনা
কোঙ্গপাই পাইবা কুরাকুম
মাংহনগনু নপুন্সি
ককৃণ্ডাওনবা প্রেমিকশা!
মামনা চৎপা পুন্সিগী
খোংথাং-ত্তানবু য়েংহনা
চংশিল্লু সেবাগী শিনশংদা
পুন্সিগী খোইরা য়াম্নবা।
ঐখোইগী লন্ লুহোংবা
ঐখোইগী প্রেম ইপুন্সি
নত্তে ইন্দ্রি পেম্নবগী,—
সমাজ থৌগনগীদমক্কি।
কংলবা থম্মোইগী উরুমদা
মং মংলিবা হে পান্বে নৈত্রবা!
চৌরুসি—সেবা মশক থংদ্রিবা

য়াইফ্‌-য়াইরেন ইচিনইনাওশিং ;
কৎলমসি ঐখোইগী থম্মোই
পলেম পৃথ্বীগী খুয়াদা
প্রলয়গী মৈচাক ফংলবসু,
কৎলমসি ঐখোইগী নৈজবা—
থরাই-হকচাং ইরল-ইথুম
মীওইবজাতিগী সেবাদা
লমন্‌ থিবিক কোক্লবগীদমক,
পুন্সি মহৈ য়াম্নবগীদমক ॥

— — — — — — —

জগৎকী মবেম্মা রাধিকানা
ক্লীব আয়ন্দা ওংখিবা,
মাহুগী সুর লৌহুনা—
তৎলবসু জয়গী মালানা
থকত্রবদি নুংশি-ঈরেম্মা,
তৎলবস্থু সেতার-মরীনা
লেপত্রবদি থনুংগী সুরনা
খাংউনে হে পুন্সি !—
তিংথংগী কুঞ্জ মরক্তা
সুরগী মালা লেংখিসি ।

থকত্ত্রবস্থ মুংশি-ঈরেন্না,
লেপত্ত্রবস্ত থন্নুংগী স্বরনা
লেপ্লবদি পৃথ্বীগী থোগন
মীওইবা মিংলেন মাংগনি ;
তৌত্রবদি মীওইবগী সেবা
শাদগী হেন্না তোনগনি ।
জয় পলেম পৃথ্বীগী জয় !
জয় মীওইবজাতিগী জয় !!

নভেম্বর, ১৯৪৬ ইং।
ইম্ফাল।




লোইরবা।

# কান্নবা মরীমখোঙ্

(১) 'কোম্মীরৈ' হায়বা অসিনা ঐগী অহানবা কবিতা নি। মাসিদা কেম্মীরৈবু ঐগী কবিতা-প্রিয়ানি হায়না কল্পনা তৌজরি।

(২) 'জ্ঞান তারকপদা' হায়বা কবিতা অসি নহারূপ লরাইদা ইজবনি। ইং শোক ১৯৪০-৪১দা ঐগী লায়না অমা লৈরম্মী; প্রকৃতিগী ফজবা অমস্থুং নুংশিবনা শুদ্ধভুনা ইতত্তনা জ্ঞান মাংহনবা অমস্থুং মহৌশাগী পোংকা অমভা ওইনিংবনা লায়না অসিগী মওং অমনি। অস্থুমনা জ্ঞান মাংহন্দুনা ইং শোক ১৯৪১ গী সেপ্টেম্বর থাগী নুংথিল অমদা প্রকৃতিনা ঐবু কৌথোকলম্মী; জ্ঞান মাংনা মাংনা চভুনা নহা রূপ লরাই য়ৌরমই। জ্ঞান তারকপা মতমদা ঐনা লৈরমলিবা মফম অদু করম্বা মফমনো হায়বা খংলমদে; হংনরবা মতুংদা নহারূপনি হায়বা খংলম্মী। মতম অদু নুমিদাং ওইরদুনা অমস্থুং লাকপদস্থু জ্ঞান তানা লাকত্রবগা, হায়স্থু অমুক্তা চত্রিবা লম ওইবগা হনফম থংদ্রদুনা খুল অদুগী য়ুম অমদা অহিং অদু লেকই। ঐনা জ্ঞান তারকপা মতমদা পোকপা রাখলশিং অদু নিংশিংদুনা অহিং অদুদা শৈরেং অসি ইজখিবনি।

রাজকুমার স্থুরেন্দ্রজিৎ সিংহ।

